# লোইনাইদ্রবা থরায়গী ঈশৈ

(অমা)

বরকন্যা

# LOINAIDRABA THAWAIGI ESHEI

*A Collection of Manipuri poems.*

*By*: Borkanya.

অহানবা ফোঙবা : নবেম্বর ১৯৮৮

লাইরিক মশিং : লিশিং অমা

ফোঙবা : অইবী

নম্বা : ললিত প্রিন্টিং প্রেস, পাওনা রোড্

মখুম য়েকপা : এঃ চিত্রেশ্বর শর্মা

মমল : লুপা নিপাল

*Printed at* : Lalit Printing Press, Paona Bazar

# ৱাহৈ খরদং

লৈকোলদা অপোম্বা লৈ অমনা শাংলকপদা মালিনা পেঞ্জরমগ-দবত্থু ঙসিতা থম্মোযদা ফাওরক্লি। "লোইনাইত্রবা থবায়গী ঈশৈ" ঐগী ইফংদদি লাওতক্লনা ভাইজরকপা অপোম্বী অমনি। মী তিনবা মকমদা ইপন্থা ঙাযবা মতমদা থঙগৌদনা নোংথাংশুম শং-শং লাকপা থম্মোযগী বাহংশিং শক্রমশিং ঐনা খোংচিঙ-চোইদ, মশিংজনি। মসিদগী তেনবদি ঐসু থওজদে। লৈশাবংগী কোইবংদা করি লৈবা মীযামগী লীবা থুংবা, থুংদবা নাথৈবীরগা ঐগী থম্মোযগী ইপক্ত অসিদা মীংকুপ অমত্তং ওইরবস্থ অপা-বশিংনা চোংথবীরমগনি হাযবগী আশাদা পুথোকচরি ঐগী লাইরিক অসি। মসিগী অনিশুবা শরুকস্থ প্রেসতা লৈরি। পূমা লাইরিক অমত্তদা পুথোক্লক্ত থঞ্জরম্বদগী নাতৈ চাদবা থর লৈত্থনা তোঙান তোঙান পুথোকচরে।

অরোইবদা ঐনা লাইরিকসিগী মতাংদা কাউবা ঙম্লরোইদবা মীওই খরগী মিং পঞ্জনীংই —

১। ঐগী লৈকাইগী ইবুং শ্রীবাইঃ ইবোমচা
   ( বা'নানগী চোক তৌবীবা )

২। এমঃ কেঃ কেঃ গী ওজা শ্রীএঃ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা
   ( মথুম দিজাইন তৌবীবা )

৩। ললিট প্রিন্টিং প্রেসকী প্রোপাইটর অম'দ ইচিন ইনাওশিং।

বিঃ কেঃ
কৈশামপাং লৈমজম লৈকাই
তাং ৫. ১১. ৮৮.ইং

# মুশুক মুবা অতিয়া

কোক কোক কোক
অথেঙবা অহীংদা খোঙ্গেলসি তায়।
শিরুম্নরবা চাক্লিবা অমা
চৎলি চৈস্নগী মতেং লৌহ্নুনা
চত্তুবদি য়াদে।
পুন্সীগী লম্বী নুংগায়-চেগায়
হিংবগী পোৎলুম থম্মোয়গী নিঙাই।
লৈশাং তম্লি লৈরাং কয়া
খঙ্জিনখ্রি মৈথু মপৈনা মহাক্কী মীৎলম।
রাগ রাগিনী ঈশৈগী খোন্থাং
চেক্লাগী শৈরোল মালংগী নাউস্নুম
তম্বীদে মাগী মপুনা খুদোল।
লম্বীসিদা চৎলি ফিজেৎ নাম্বা মীয়াম
চাক্লিবগী মমীত্না উই মখোয়বু
মনুংদি হোবা অরঙবা লাইখিগুম।
মহাক্কী কোকথক্তা শেম্নরি মাবু
মুশুক মুবা অতিয়ানা।
থা থোক্কে
থরানমিচাক থোক্কে
ধ্রুবতারা থোক্কে
মোংফমগুম্না চীকই অমদি তমথী
মাগী থম্মোয়।
।। ১৯৮৬ ।।

লোইনাইদ্রবা থরায়গী ঈশৈ

# ফক্লাং ঘড়ী

থোঙ পান্দ্রবা কা'সিগী মনূংদা
লৈনিল কারবা--
ঐনা ফম্লি ইতোমতা চীক্লা।
কয়াদি কুইরবনো লেল্লক্লিবা মফমসিদা?
মপান্দা শিংলি ঈংলবা নুংশিং
থুম্লবা নুংশাগী মরক শমত্থনা।
হৈনম লৈনমগী ফিজোল হোংলবী
ঋতু রাণীগী থৌগল তৌরি।

উচেক রায়া উপাল রাপাল
শন্দোক্লি মখোয়গী শেংলবা থম্মোয়
তরু তরুবা মালং ঈপোমদা
মোং হাদবী লৈচীলগী তাংথক্লা।
অতুবু ঐদি, ওহ ঐদি!
নুংশা ফংদবনা তাইরবা কুচু
লৈহীং নম্লবা হকচাং মনম।
ইশ! হকচাংগী ঈসিস্থ ফমজিল্লক্লি।
অস্থম্না অস্থুম্মক ফমজিল্লক্রি।
ফক্লাংদা য়াল্লি নুংহন্নরবা ঘড়ী
ঙকচাউ থেক্রবা থোয়রবা।
ঐনা হংজরুই তত্তনা হংজরুই--
"কয়াম হৌখ্রবগে মতমসিবু?"
পাউখুমগী মহুৎ অশুকপা মীংয়েং

ঙুংগন্নরবা অয়াকপা খুৎনোক
মিচন্থী ওইর শোল্ল থম্মোয়
শীজিন্নদবনা লৈখাঙ চারবা
খুৎনোক্নুদা ফেৎ ফেৎ হাইখ্রে।
কবম তৌরিগবা মতুব্, কমদৌরিগবা ?
ফক্লাংদা নাকোং নপ্পুনা তারুই।
করি করিগুম্বা মতমগী ৱানি।
ইথন্ত অমুক'মুকস্থ হৌনা লাউরুই--
"হো অদোমদা কনা লৈবগে
কা'সিগী অতোপ্পা কা'থুদা ?"
হন্না হন্না হৌনা লাউই্জ।
"মী লৈয়ে মী লৈয়ে
নঙস্থ নত্রা নঙস্থ নত্রা ?"
কয়াদি কুইরবনো খোঙ্জেলসি তাদবা !
কয়াদা থম্মোয়বু শোকহনখ্রবা !
মীৎকুপ থরদং শিন্থরকইনে পিরাং
ঙুংঙাই মৈওক্লবা অশাবা পিরাং।
"ঐদি বন্দীনি পুন্দীগী বন্দী
অপাম্বগী মিহৌবগী
মতমগী সভ্যতাগী।"
হীক্লবা খোন্থাংনি
শোক্লবা য়ারানি মাগী, মীতোপ্পুগী।

"কাসিদগী অমুক্তা নাম্ভোক্লবা হোৎনসে।
ঐনা সোমদগী থুগাইরক্লগে

নঙনা অদোমদগী থুগাইরক্লো।
খল্লিবা ফক্লাংসে অমুক্তা ফাত্তোকসে
মীগ মীগগী মরক্তা খল্লিবা।”
অমুকস্থ নোক্লকই ফক্লাং ঘড়ী
নোক্ল চাউরবা ফক্লাং ঘড়ী।
॥ ১৯৭৮ ॥

# মৈখু মপৈ

ধু ধু ধু ধু ধু ধু ধু ধু - - - -
সুইটচ নম্মুবদা থোরকপা খোঞ্জেলনি
ইঙ্গিলতুগী।
শীঙ্বা থুংখি চিথেক কোনা।
লক্লেল পাংকী কোম্বীরৈ লৈরাং
ইফিং ফিংনা য়েংথোকচরকই।
থংনবা মীংকুপ্পুদি তম্বোম থোমজিল্লকখি
মুশীন মুবা থাউথীগী মপৈ--
মপৈ মপৈ।
ওহ! মাঙহনখ্রেদো মচু অমদি মনম
লাইবক চাউনী লৈরাং মহাক্বী।
অমগী মথংদা অমা
অসুম্মক লেপ্পুনা থাদোরক্লিবা মৈখু মরীশিংসু
মম্না থানা অমদি মুনা
পেন্নাইদ্রবা মৈখু উতোংননি।
লান্দাহনখি অশেংবা নুংশিত্তা
মনীং তমজবা লমজাউ নুংশিত্তা।
নাম্বোক্তুনা চেনখিবা মখোয় খরসু
চোক্কী বিলদিংদা মকোক য়ৈসিনখি।
॥ ১৯৭৮ ॥

# হৈবোং অদুগা তূমীং শঙ্গু

ফজথ্রবা

মখজাই তঙাং তঙাংনা উবদা
খজাই হরাওবা হৈবোং অমগী মন্নুংদা
তূমীং ময়াম খুন্দারম্মী।
নোং ঙান্বা মুমিং তাবগী ব্রা নাচুংদনা
মখোয় মশেন মরৈ য়েৎনরম্মী--
ধর্ম্মগী লৈবাক ব্রায়েল পথাপকি
চুপ্পী পায়রিবশিংগী অশোম্বা মতাঙগী
নীংবা থুংদ্রবা চাথুং শেথুংদ্রবা
থবক ফংদ্রবা তূমীং শঙ্গুগী।
অমনা ঙাঙবা অমনা তানদে
অঙাঙ অঙাঙ চাউনৈ
মশিংঘা থোক্লা লাউনৈ
ইমু নাইমু তানবস্থু য়াওই।
হৈবোংতুগী মপান্দা অতোপ্পা তাইবংপালগীদমক
নাচুংলমদে মখোয়না।
নুমিত্তি অমুক থোরকই অমুক তাখি
মতম কয়া হৌখিরম্মী
তূমীং হন্নুবা হন্নুবী ময়াম শিখি
তূমীং অনৌবা ময়াম অমা
অমুক পোক্লকই।
অসুম অসুম য়ামশিল্লকই
তূমীংকী মশীংদি।

অহুগা অমরোমদা
কেনগদবগী মতম ঙাইহুনা লৈরম্মী
অমুম্বা হৈ,বোংনা।
॥ ১৯৮৫ ॥

## মতমসিগী মী

নঙস্থ মীনি মাস্থ মীনি
না খোয় মী ঙাক্তনি
অদুগা করিগীনো উনবা য়াদ্রিবা ?
নয়া খিগৎনরিবা ?
নমীৎ শুক্তোক্লরিবা ?
নত্তে, অস্থক শাথিরব্রনে হিংবগী চৈফু বু
ঙন্নমক হূই অঙাওবা ওন্নরম্লিবা ?
॥ ১৯৭৯ ॥

## লাইধিবী

ঙসিদি ঐনা লাইধিবীনি
অদুগা ঐগী পোক্লফম্না লাইধি লুবাক।
অথেঙবা অহীংদা ঐনা কপ্পী
ঐগী পুন্সীগীদমক পোক্লফম নঙগীদমক।
অদুবু অহীং খক্তগী রানি
নোং ঙাম্বগা হামৈ কুথোং য়ুংহল্লি
মথুং য়াওবা অঙাং খরনা।
॥ ৬. ৩. '৮১ ॥

## হূই অমা হূরান্বা অমা

হূরান্বা অমগী হূই অমা
হূরান্বতুগী মপোৎ মরল শঙলি।
হূরান্বনা থৌজীল্লি, "শূ"
হূইতুনা চোংশিল্লি মশিংঘা থোক্লা
লম্বী চৎচবা মীওইদা, মরাল লৈজদবা অঙাঙদা অমদি নুপীদা।
অহীং অহীংদা থোঙ লাওনা হাংদোকই হূরান্বতুগী।
হূরান্বা শঙ্গু শঙ্গু হূই খোংতুনা চঙনরকই।
হূইতুসু কুল্লি য়েন্নখাগী অমম্বদা অয়োকপা হৌদোঙগুম।
॥ ৫. ১১. '৮২ ॥

## অহাঙবা

হাঙদবা কা ময়ামগী মরক্তা অহাঙবা অমা—
হাঙদবশিংতুনা শাউনরকই।
"ঐখোয়বুদি করিগী শীজিন্নে?"
পেন্দবা ব্রাহং,
হাঙদবশিংতুনা হংনরকই।
ব্রাথোক্লি য়ুমজাউ অমগী কা-শিংগী
য়ুম্নুগী মকোক শাহল্লি ক্লুংতিগী।
মথায় পান্দবা ময়ামগী চক্রিদা নোংমদি
মথায় পান্বনা কেমখিগনি।
॥ ১১. ১১. '৮২ ॥

## তোল্লবা নুপা

মখোয় খরনা পুরকই মাবু।
লেঙ ওংপা ঙমহন্দে মখোঙ মখুং পুন্সিন্বী।
য়েংবা য়াদ্রে ফীভমত্থু পত্রাক লাউনা থাদরে
প্লেট-ফোর্ম মথক অত্থুদা।
"যমগী চুতকুম তমথীবশা!
হিংদবা য়াদে ঐহাক্তি।"
থক থক নিকচৈ থম্মোয়ত্থু।
"মচীন্বু কয়া থীরিবা"
নোইহৎলকই খোঙপাক্লা তোল্লবা নুপা অত্থুবু।
॥ ১৯৭৮ ॥

## ব্রায়েন কাতি

চুপ চুপ ব্রায়েন কাতিনা চুপ চুপ।
মদোম কেমজরে লৈপোমতা ঙায়রিবৈ।
খোঙ্গাউনরেদো অচং অথোক কয়ানা।
শল্লকই থাবলগী ঈপোম, থরান মৈরা।
"কদায় অপোম্বী নঙদি কদায়?"
মপাঙ শেংনরবী লৈখোল্লা তেংথাজৈ।
অত্থুবু নঙ্কাংথি অখেকপা মীনোকখোল্লক্লা
অশাবা চেরৈগী লৈনন চেন্দবী লৈরাংগী।
॥ ১৯৭৯ ॥

## অমম্বা

উচেক রায়াগী চ্রীক চ্রীক খোঞ্জেলবু তারগা
ঐনা ইনিংই মী নঙগী ৱারীবু।
অসুম্না ইখি শৈরেং কয়া।
অত্তবু মতুংসিদদি ইনা পঙলকপা য়াই
ইমীং তাঙলকপা য়াই।
থম্মোয় অসিমকসু উকং ঙনখিবা য়াই।
মরমদি ঙসি ঐহাক কপচবতমক ঙায়রে
ঐগী মৈথু মপৈগী পুন্সীবু নীংশিংহুনা
মচুগী ঈথক্তা কুরাক্লা পাইবা উরগা।
॥ ১৫. ৩. '৮২ ॥

## পাউখোঙ

অসুক কুইবা মতম অসি ঐ হোংনরক্রি
পাউখোঙসিমত্তং ফোঙ্গে হায়না ইমীংনা উরিবা, হকথেংনরিবা।
অঙম্বা অয়ুক্তা শাংকাইরকপী তখেল্লে চরোং
অসুম খুইথরকই কোরৌ মশেক্লা য়ৈরগা।
লৈখোঙদা চোইজাইননা কেম্বনা পম্‌ংফম্মি মহাক্কী।
মমি অসিনা মুখংথি মোমোন মীনোঙ্কী ঈথকশিং।
তোর্বান্দা তারিবা লম্বীচংপশিংগী খোঙ্গুলসু
মুংখি অকম্বা নোংলৈনা হুম্বদা।
॥ ১৯৭৯ ॥

## ঐখোয়গী শরূক

ঙসিগী ফম্পাকসিদা ঐনা রাণীনি
নঙনা নিংথৌনি মানা মীনাইনি।
ঐনা লৌরিবা শরূক য়াদ্রে শুকয়া য়াদ্রে
রাণীগী থম্মোয়সু চেন্দনা ঐদি।
নঙগীসুনি, থাজবা য়াদবা ওইদুনা নরম্ব্ নশানা হুরান্বা
নিংথৌগী লীচৎপু অদুরা ?
অদুবু মাতনি মীনাইগী মতৌ উংলিবদি
চীরোন্দা খমথেংনা মথায়বু মমল য়াওহন্দনা।
॥ ১৯৭৯ ॥

## তম্নলাই ওইরক্লবসিদদি

নোংমা, মীংকুপ অমক্তং
ঐনা উরকই তাইবংপান্বগী পোং পুম্নমকপু
নুংছুম ওইনা নত্রগা মিছি মচেংকুম্না !
মসিবু ঐতগী রাখল্লা ?
নত্তেদা মসি চুমগনি —
নুংনা পাল্লবা থরায়, নুংছুম ওইনীংই লমনগীদমক !
ঐহাক থাজরে, চাংয়েং কয়াসি থেংনবদগী য়ানীংলে।
মিংশেলদা তারিবা ইমিনা মরু কোক্লবা
অমদি তম্নলাই ওইরক্লবসিদদি।
॥ ১৯৭৯ ॥

# থব্রায় পান্বগী ব্রারী

খেন্নবা করিস্থ লৈরমদরে
থরায় পান্বা অমদি থব্রায় পান্দবা অনীগী মরক্তা।
ঈ, শদোং তোংশানা শাবা মী নঙদি
লোইশিনহন্নীংবা মতমদা লোইশিন্বা য়ারে।
নঙগী থম্মোয়দা হুন্বা মিন্থুন অমদি
সাঃ রেঃ গাঃ মাঃ স্বরগী পুন্সী শৈরোল
অর্থ লৈতে মতমসিদা।
অহুনা থরায় পান্বগী ব্রারী
তাইবঙ শেম্বা মপুগী ব্রারীসিদি
উকক ব্রাকক্কীগুম্বনি লম্মাঙদা পঙতা তাহুনা লৈবা।

॥ ১৫. ৩. '৮২ ॥

# থরোই

ঐ থরোইনি, পুন্সীগী তোর্ব্বান্দা নপচরম্বা
ব্রানা উপাই অমা য়েংজহুনা।
অহুবু ঙসিদি তোইগ্রে ঐগী থরায় ঐগী হকচাং।
মশীং লাকঙমদ্রবা মখোঙনা নেংখি ইথকসিদা
লম্বী চৎপা মীশিং কয়াগী।
মান্নি, পুখৎখিবনি ঐবু কংফালদা
মখুৎ য়াওবা অঙাং থরনা।
॥ ১৫ ৩: '৮০ ॥

## মঙলান

"প্রেক প্রেক প্রেক প্রেক প্রেক প্রেক ... ..."
অসুম্মক শন্দোরকই লবুকী চক্মখোক কালেন মুংশানা য়ৈরগা।
কীম্বরবা তোইরবা লৌরীনা পাওহোমজৈ
অহীক্লবা খোনফমদা লেপ্তনা পাওহোমজৈ
অসিনি নঙ ঐগী লাইবক অমদি পুন্সী।
মখোয়দি চংখি লেপ্লঙ পঙলবা মনাশিং পুত্থনা
লোক্তাও তাঙলবা মমীৎশিং পুত্থনা মখোয় চংখি
মায়কৈ মরীগী ঈনিলখোন থওইদনা।
মদোম কেমজরে চক্মখোক মহৈ মরোংগী মঙলান মঙফাওনদনা।
॥ ১৯৮০ ॥

## লীখুন

শানৌ অমা শাইনোন শম্মাং কক্লম্বী
লমথাং খুৎহৎ ইন্দুনা
খোইরুম মীনোক্লা চীৱান নাকচি ঙাল্লম্বী
মশম লেংপাক য়ৈত্থনা শারি লেংয়ান হাইগংখিবদা
খেক্লা নোক্লকই শাউবীং শাউবীংবা মীনোক্লা।
পাখঙ অমা সাইকল তোংবা ফংলমদবা
লমব্রেতাগী খুনেৎ কাখিবদা
ছুই খোংলকই মরায় লোংনা অকল অথৌ শারত্থনা।
॥ ৬. ৯. '৮১ ॥

# খোঙফম

অহীং কয়াসি নীংতম্না তুমজবা ফংলক্তে।
মখোয় লাকই
মমায়দা অপাবা মায়খুমফি অমনমনা
কৃপাশিল্লদুনা
তম্নলাইগী শক্তমদা।
নাকোঙদা মুক্সম মুক্সম শোল্লম্না
হকচাং শীন্বা থুংনা নাল্লম্মী।
ঐ মুংশা থী—
নোংমদি শোয়দনা চিংথোকখিগদ্রা।
হকচাংগী ঈ পূম্নমক
হোল্লিবা মুংশা শ্বরসি ফাওবা
তোংজৈ থাদুনা চিংথোকখিগদ্রা?
করিদি চিংননীংঙাই লৈরিবগে
থাজরুবা নঙনা ফাওবা মীরাইবীরম্নবদা?
অমম্বা কাচিন্দুদা লৈরিঙৈ
তারকখি—
কোক কোক লাউবা খোঞ্জেলশিংদু।
মুশি মুশিবা পোদোলগী মৈঙালদা
খারম্মী শম্বল
পুন্সী অনীবু নাকল নাকল খন্দোক্লা
ৱারীশিংদুবু মমি শামহন্না।
হংঙ নহাক করিগুম্বা খঙনীংলবদি
খোঙ্থাং স্থদ্রবী চেক্লাশিংসিদা

শিরুম্নরবী লৈপালশিংসিদা
অস্থম পীকশিল্লরুবা ঐগী খোঙফম
পুন্সীসীমগী পোৎক্ষম।
ওহ! নোংমদি শোয়দনা
তাঙ্গোই ওনখিনি
শজিবুগী নোংলৈদা য়াওরকপী উনাদো
চীংমাই খোম্বা লৈম্মগী মৈরীদা।
॥ ১৯৭৯ ॥

# জাতিগী য়ুম্বী

নঙনদি হায়রি ঐবু জাতিগী য়ুম্বীনি।
য়াঙলেন শন্ন, শুইবনি নোংমদি
লমদমসিংগী,
খুন্নাইসিংগী।
ঐহাক খঙই নঙনা হায়রিবত্তুগী মরম।
ঐগী হকচাং ঐগী শকফম
তদেক তদেক্রি
মায়থোঙদা ময়ি অমত্তু লৈত্রি।
অদুবু নঙনদি খঙদে ঐগী খোঙফম।
শদোং তোংশা চুপকদবগী ভাইরি
লৈরে ময়াম্না
ঐগী খোঙফম লৈশোবুংদা।
নোংমদি শোয়দনা তিনথিনি লৈমাইদা
উহাম ওইনা মাঙখিনি মচেৎ মচেং
ঐগী পুন্সীগী মঙলান কয়া।
॥ ১৯৭৯ ॥

# বন্দী

অশুকপা অচীং মমৈহৃদা
তাখি নঙগী বাঁশি খোঙ্কেল।
রক্ত নিপান লান্না থোরকপা
থরায় সুম্বা নুংশি খোঙ্কেল।
অহুবু করি উপাইনো তোল্লবী রাধাগী
খোঙদা য়োহ্লীং থাংলবী
রাই বীনোদিনীগী?
কালিন্দ্রি তোর্ব্বান
কদমগী মখোঙদা
খোইখোইবা নগাকী শাথেক
ঐসু উই নখোয়সু উই।
হে শ্যাম থরায়গী মবুংডো
উজৈ কৈদৌনি বন্দী ওইথ্রবা থরায়নি।
তমখিবী সার্সিগী য়োংকী কোর মনুংদা
বন্দী ওইথ্রবা ঐখোয়
ওহ! যাদু মন্ত্রনা ওন্নহনখ্রিবা য়াউহুনি।

॥ ১৯৭৯ ॥

# সিষ্টর মিরা

সিষ্টর মিরা
সিষ্টর মিরা
দিমোন্সট্রেসন রুমদা সিষ্টর মিরা।
চহী কয়াসি নহাক্না ওল্লক্রি
পেসেন্ট বেদতা অনাবা সান্থনা
চানা সাবা নহাক্নী হকচাং
কয়াং খুদিং ইশী শীদোক্রে
নখোঙনা অমদা নখুংনা অমদা।
মেমচানা অমুক থাং
বীনোনা অমুক থাং
মিহরীন্ন: অমুক
নাদিবানা অমুক।
সিষ্টর মিরা সিষ্টর মিরা
দিমোন্সট্রেসন রুমদা সিষ্টর মিরা।
ভেণ্ট্রেল পোজিসন
সিমস পোজিসন
ভেজাইনেল পোজিসন
জেনুফেক্রুরেল পোজিসন
ননীং ননা তরু তরুনা
অসুম্মক য়েংলি মীপুম খুদিংবু।
সিষ্টর মিরা সিষ্টর মিরা
দিমোন্সট্রেসন রুমদা সিষ্টর মিরা।

॥ ১৯৭৯ ॥

# ঐমরীক অমা

মী মঙাগী অপীকপা ঐখোয়গী ইমুঙ
ইমা লুখ্রানা চেঙ্গৈ নোংজৈ।
ইয়াম্বা অহলগী থাবল চোংনবা বেলগী পৈশা
বর খুরুম্নবা গারীগী পৈশা
চাদিং তৌখি অপীকপা ইমুং।
থবক ফংদ্রিবা ঐ য়ৃম পান্দ্রিবা
কুপশেন শেন্নৈ মবুক শীংলবা ইমাগী শেঙ্গাউ।
লৈকায়গী মী ফত্তে।
হুমিদাং নুং লংশিল্লকই ঐখোয়না ইমুংদা পার্টি তৌরিঙৈ
খুবাক খুবী লিক্লি য়ুংবী শান্নরিঙৈ
ইচল নুপী খাবল্লৈ
মৈ য়েংলুই দ্বিপানিতাগী অগোংদা।
মফি হোংদে কম্মুংদা লোংনা দম তুরৈ।
মোমোন নোকখি হায়বা তাদে কৌবা খুনদে
মতম পূম্বদা থাবলদা ঙাওজবী।
ইনাউ অতোম্বসিমদি মরিংজেল খায়
ঐখোয় লোইনা মাবু কিনৈ।
ইমাগীদমক রাজবা মাতনি।
অহীং অথেঙবদা য়ুহার হাই
ফৈরেং য়ুরেং চিংখি অপীকপা ইমুং।
অমম্বা ইথক্কুগী তিম্পুন নাপুন তাখি
মথুম কুপহৌদ্রবা চাকথুম ঈশিংদা।
। ৩. ১১. '৮১ ।।

# ৱাকৎ

থম্মোয়, নঙনা ঙিংলিবমথৈ ঐঙাকসু হিংগে।
নঙগী অনৌবা রাগগী ঈথিন্দা
ময়েন চোংজগে কংলবা থরায়সে।
অকি তুজংগী অৱা অনাগী
ঈথক ঈপোম হৌরক্তুনস্থ
মকা ফম্না মোমোন নোক্কনি
কাউথোক্তুনা মতমগী নোংলৈবু।
কিগনু, খুংশেন চঙলবা নশকপু উৱগা
মঙাক কিগনু।
অতুগী শকক মুন্না য়েংউ থল্লু,
নশাগী লৈজবা নরৌশিং পুথোক্তুনা।
অহেন্বা পায়ুগী নগ্রনে
নমায়দা কালি তৌশিল্লুরিবা?
য়েংউ, অমুবা মাযথুমকিতু হাংদোক্তুনা
উগনি, মখোয় মশেন নোকমিন্নরম্বা।
ৱারী ৱাতায় শামিন্নরম্বা
অচম্বা পুকচেলদা
লৌথুপ লৌকোই থাংদনা
মখোয়গী লু
মখোয়গী তোং
মখোয়গী ঈ অমত্তনি
মশক চপ মান্নবনি।
॥ ১৯৭৯ ॥

# অমংবা কুমগী নোংলেন

অস্থক কুইবা মতমসি
কুমগী ঈরিক অমত্তুু থীক্লক্তে
ফৈরেং য়ুরেংতা চিংলবা
মৈশা লাংলবা মালেম থকসিদা।
অদুগা হুমিং--
মরৈ কোতি তিংথোক্তুনা
ঈখেং চুপকে থোরাংলে
থরায় পাম্বা পূম্বগী।
ওহ! হুংশা থীরে
মালেম লৈকোয়বুং
উংপুং ওইনা খিল্লদ্রা?
নোংমদি (আশাগী পল্লোনদা)
ভারত মহাসাগরদগী
পাইরকখি
ফূইরবা নোংতুম অমত্তং
খোৗগংনরবী নোংগোবীগী
থম্মোয় মরাঙ হৌহন্না।
অদুবু ওন্থোকপনি
মংলগতা মতোকখ্রে
অমংবা কুমগী নোংলেন
হুমদোকখ্রে
ঙাওনা শীংলকপা মরুভূমীগী হুংশিং অমনা।
॥ ১৯৭৯ ॥

# জগোই শাবী মমতাজ

তপুং তপুং তপুং তপুং ...
জেনরেল হোসপিটাল মমাঙদা
ফুরিং মকক্তু মগা জগোই শাই মমতাজ
তম্বীবা মপুগী পুংলোনগা চান্নবা।
য়েত্তা অমুক ওয়দা অমুক
য়োনাউ অতুনা
চাউকোৎ কোংলি খুৎ মচাতু
অমুক'মুক চোংখংলি মঙক পৈত্তুনা
মিংচি খংলি ভাবোক খুদীংদা।
শাথেক-স্নবী মমতাজগী জগোইদা
ময়া কাউ মিষ্টর বেনর্জি।
অপেনবা খোল্লাউনা পুম্নিল নিল্লি
"নাচো নাচো প্যারী মমতাজ।"
অঙাওবা পাখং মচা অমনা
মমৈ চিংলুই মনা কোয়রুই
নাচুংবীদে মিষ্টর বেনর্জি
পুক্নীং থিংজিল্লি খোঞ্জেলতুদা
কৌতাদা থাদরকপা পৈশাগী।

॥ ১৯৭৯ ॥

# লৈরাং অমদা

ঙৈনি লৈনি
হেক্লীংবতা হেকপা য়াই
চিন্নীংবতা চিন্বা য়াই।
পল্লোন অমদগী পল্লোন অমা
অস্নুমক খোন্থাং য়ৈরক্লি।
হে লৈরাং ওইবী
করম লেনখি নহাক্কী পুন্সী, করম্না খাঙখি ?
ঙসিনা, য়ুখলত্নমক হাইদোকখ্রবা
লাইবক্কী থানিল ফুগাইনা শাংকাইরক্লবদা
নহাক্কী ফিদম ?
ওহ ! কাওশিং ওইখ্রবরনে মতমগী ঈচাউদা ?
॥ ১৯৭৯ ॥

# অরেম্বা ব্রাকং

অয়ুক নুংথিল নুমিদাং
পৃথিবীনা লৈরিবা পুং কুনমরি
ইঙ্গিলশিংগী--
মম্ম মুরবা মুস্থক মুরবা
মৈথু মপৈ মপৈ মপৈ--
ইম্ফাল সহরগী চিথেক কোঙ্গিলদা।
কদায়নো কদোমদনো হৈনম লৈনমদো
উচেক ধ্রায়াগী নীংথিবা শৈরোলদো
পলেম ইমাগী কোলোয় শোম্বদো ?

মতমসে ওহ হৌজিকসে!
মী মী মী
লাই লাই লাই--
চাগী লাই মরিল হোরবা
মতৌত্রা মাম্রবা মুম্নগী।

পার্কতা পোলোগ্রাউন্দা
স্কুলদা কলেজদা
মফম থৃদীং মিতিং মিতিং
ইপানি ইচানি ইচিন ইনাউনি।
অঙৌবা ফীজংগী মরুমদা অমুবা
মোমোন মায়থোঙগী মরুমদনা করি ?

তীস্থ্রোকপু হঙোইনা
হঙোইবু লিন্না
লিম্বু মীনা
মীবু মীনা
কনানোনে অকম্বা খোনকমগী কম্পাকসিদা?

মেরা থাগী থানিল খুদিং
কপলমগনি নুজা অম্নদি
ইম্ফাল সহরগী মচী খুদীং।
সরক্কী চিদাইদা তুমিন লেপ্লিবা
তুহংপীরবা দইবীন্দুতংদি
লোন্না পিরাং শিন্নগনি অমুক মুক।
নিংথম থাগী খেঙলবা অচী
পার ইন্নকিনা মংকোক খুম্নহনা
য়ুমথোং খুদিং চঙহনা কৌরমগনি
নুজাহনা-
তারিবরা ইপারি ইমোমশা
থোঙ্গী নাতৈ কাঙঙ্নে অমুক্তদি।
চোকচল্ল কান্নুংহুদা নাখোকপগী খোঞ্জেলতমক।
নীংবা কায়না হনখিবী মহাক্কী
মুস্তক মুশিল্ল চীন্বান্দগী থোরকপা
থক থক নীক্ল খোঞ্জেল অহুদি
নিলহৌগনি লৈচীল মরক্তা।
॥ ১৯৭৯ ॥

# অশিং অরাম্বাগী নোংলৈ

অশিং অরাম্বাগী নোংলৈ নোংজুগী নোংখোং
কেং কেং হাইরবা লফু পাম্বী
মরক সিদা অস্তম্মক লেপ্লি ঐদি।
নাত্তোন্দা যাওরি শাহীং ভাহীং
মানি মানি য়েন্নাউহুগী ঈহীংনি
উমাইবীত্থনা শেংলিবা।
উপাই লৈত্রবী য়েম্বীহুদি
কপ্পস্ত হৈতা অস্তম্মক য়েংজনি।
য়েংনীং থাগী অয়ুক খূদীং
খিক্কনি নোংলেন ঈরা
নত্তে নত্তে অহীংবশিংগী ঈখেংনি।
উপালহুদগী উনানা কেল্লকপা খূদীং
শাগনি জংগোই তোল্লবীহুদি
মীংকী ঈরাং মমি শান্না
খোঙকম মাগী তুরোইননা
মকোক তাঙলবা পূংয়ৈবহুগী
লেপ্পাইদ্রবা পুংলোন্দুদা।
লাইবক্তা নম্লিবা অমুবা বিন্দু
লৈকংলম ওনথ্রবা থোংল থম্মোয়
মতমগী চৈথেংনি থনগনি মহাক।
মীংলুদগী শিন্থরকপা পিরাংস্ত
লাংবন ন্থংশানা থ্রক থ্রক কংহনথি।
॥ ১৯. ৪. '৭৮. ॥

# কোবী চম্ফুং

ব্রোঙ ব্রোঙ ব্রোঙ ব্রোঙ
ব্রোঙ ব্রোঙ ব্রোঙ ব্রোঙ
শৌরি উয়ান্দা অহুম অহুম
চিনি থাক্তুবা কোবী চম্ফুং।
ফোর্স কল্লবা রাইনমগী মৈরীথক
মৈথোক্লা শারবা উয়াম্নুংদা
মুন্দ্রিকাও শৌরিবা কোবী চম্ফুং
নথন্তা শৌজবনি খক খল্লুন্
ননাক্ত ফম্লীবা পুজারী মাসু
অস্মক শৌরি ব্রোঙ ব্রোঙ।
তুম্বা চাবা শেংপা
অতমসিগী চম্লবা স্নরনি
মাগী থম্মোয়দা লেপ্পুনা ঙংলিবা।
মহাও রাংল মতমসিগী
নুংশি নুংওন শৈরাংবীনি
লেপ্পুনা শৈশরিবশে মাগী নাপ্পদা।
মখোয়না থাংগৎলিনে মাবু মৈথক্তা।
॥ ১. ২. ১৯৭৭ ॥

## য়ূম্লৈমা

যৌম্লমা অননা ঙা লুম্মী।
চফু উয়ান কোয়তূম হুম্বগী
মমায় মমীত্তি হামুকমক্তনি।
তান চানা চোংথোরকই ঙমুদো
পাক লাব্রগা চেনখি কোংখা তম্না।
শাউরবা য়ূম্বুনা উত্পা থোম্মী।
( ঙা চাখ্রে খঙলরবদা )
ফ্রীং ফ্রীং চোংই নাবনা
মকোক্তা পাম্বদা উত্পুনা
চাকখুম কাচিনগী তেকশি মন্থংদা
ঙাক্রা অমা কনা থাওল্লকই।
অদোমনা পুমকাউ কাউই য়ূম্লৈমা
কীংত্ম শেনত্না চোংশিনখি।
[illegible] ০. ৩. ১৯[illegible] ॥

# নম্বুল তুরেল

সিদম্বু লৈ জঙ্গলগী পুন্সী
হৈরাং হৈনম্মা শীল্লি
লৈরাং লৈনম্মা হাৰি
চেক্লা কোলোয়না নিল্লি।

কৈশাল লমহুই শংগম
মহু পাম্বা লিনগী জাং
নুংথিলদা ফাওবা মচিঞ্জাক থিরি
চেম্বা য়াওদ্রবী মম্বীবু লুপ্লি।

হে! শক্লোন হোললবী নম্বুল তুবেল
থাখিদ্রে নহাক্কী স্বরগী শৈহেক্লো
নওলান ওইহনখ্রে নহাক্কী শাথক্লো
করম লেল্লিবগে লাইবক চাউবী নহাকপু?

ওরাংদি শাংখিবনি তোর্বানসিদা
মোমোন নোক্রবী তখেল্লে চরোংদো
ওসিগী অয়ুক্কদি লৈশা চোইরল্লে
অত্তবু লেপ্লীনে কংলক্লবী তখেল্লে পাম্বীসে।
॥ ১. ৬. ১৯৭৭ ॥

# ঐগী থরায়গী দাবী

চংচগে অপম্বা থৃদীং নমথক্তুনা
সমুদ্র তোর্বান্দা থুয়াসি থাজগে
সনা মচুগী লৈঙোই মথক্কা।
অমুকন্স কোয়রুগে
মালেম থুনা য়েংলুগে
অঙম্বা অয়ুক্কী নুংশিত্তা লোংতুনা
লৈচীলগা খোঙলোয়নতুনা
মারক্কে লোইবা নাইদ্রবা পুন্সীগী ঈশৈ
অদা নুঙাইনা মচু শঙলবা।
আসিনি মনীং ভয়না থরায়গী দাবী
অসিনি।
অতুব ইমীং অনীসিগী থিংখি লম্বীদি
নুং হৈরবা যক্রাং চাংদোন্না
শুক শুরবা অহীংগী মমিনা।
॥ ১৯৮৯ ॥

# মৈতৈ নুপী

নুপী নুপী মৈতৈ নুপী
সনা লৈপাক মণিপুরগী
চুপ্লি তংখায় পায়রিবী নুপী।
লৈপুং ফম্বী নুপী
লৈপুং ফমদবী নুপী
হীগাইরা হৈবী নুপী
হীগাইরা হৈতবী নুপী
ঙকচাউ থেকপী নুপী
ঙকচাউ থেক্তবী নুপী
নুপী নুপী মৈতৈ নুপী।
নোংমা লাকই সবীরৈমা
হাথু হাথু খুদিবু থিখি।
"ভারিবরা ভোম্বী নমা
মরাইবক ফৈদা মীগী মচাদি
থম্বাল্লে হায়বী শকথীবীসে
মরেংবান্দবু কৈরাক থাগ্রে
সন মরীগী সনানা য়োম্লে
মঙক মনা ক্রেং ক্রেং হাইরে।"
মোমোন নোকখি ভোম্বী মমা
ভুমিন লৈখি পুকচেল ভগ্গী।
উপাই লৈতে সবীরৈমা
ভমাং কাংখি সবীরৈমা।
"হুম্মাইনা হায়রেনে

সুম্মাইনা চৈরেনে
মীগুম থাদ্রেনে নঙবুদি "
তন্নুম তম্নুই মোনো'মাদা ।
"মথৌ লৈত' তৌজরিনি "
মথৌ শুখি মোনো মমা ।
মনা ঙাঙখি সবিরৈমা
কাঙলম চেনখি হয়াইদবী ।
নুপী নুপী মৈতৈ নুপী
সনা লৈপাক মনিপুরগী
চুপ্লি তংখায় পায়রিবী নুপী ।
খরুংদা হাপখি পাঙ্গল শোন্বী
মপাঙ্গল ফবগী নুটনা নেংখি
ঙারি ওইখি মৈতৈ নুপী
লমহৌদোংগী মচীঙ্গাক ওইখি
নুপী নুপী মৈতৈ নুপী ।

॥ ১৯৭৯ ॥

# চেক্সেং

"৪৫০/"

মুরুম মুরুম শোন্না চংলি
অব্দুল রহেমান।
"পামদি পাম্মীদা
ইশা নীংজোলগী মতোঙশিংদো।"
মতিন য়োংলি রহেমান সাহেব।
"লুপা হে রুপয়া
কোই সোপ খদ্রক্না ওইরস্ত্র
রানা তাল্লি নঙতবু।
অস্তুক তোংবা শেন্দোংবু.....          "
ল্ত হনখি মুস্লীম শা-শেম্বা।
তৌজিকস্তু লেপ্লম্মী মঙ্গে মখোঙদা
চমজরবী হাতম মঙ্গবী
লাইবক্কী মমিবু নোংমত্তা য়েংউদা
মপুগী খুতুং ইন্দুনা লেল্লকপী
মথংগী মীকুপ্তদি উদ্রে মহাকপু
অমুক লেপ্লম্বা মঙ্গে মখোঙ অসিদা।
চরা অমগী থাউডো মখোল্লক্কা।
চুপশিনখ্রে মহাক্কী মীৎলু পিরাংশিং।
॥ ১০. ১০. ১৯৭৯ ॥

# ঈনুংবুংহুদা

ঙসিদি ইবাম্মি করিস্নু থোক্লদ্রবরা ?
লেংথৈনর ফাওবদা
নঙ ঐ খঙনরক্লুবা ?
রাহংসিমক্কী পাউখুম
লম্নান্বী নত্রগা লম্নাম্বা
ঐদি খাঙবা ঙমজদে।
ঐ খঙই
ঙরাং অচৌং য়ুহার হাবদা
নমথত্রবনি তাইবংগী শক্লোন পূম্নমক
সমুদ্র ঈরোল্লুংদা লুপথত্রবনি।
চীং পাং তুরেল
লবুক লম্হাং উপাল রাপাল
নঙ ঐগী মনী য়াওনা
পুম্নমক তিনশিনখত্রবনি
লৈখাদা ঈনুংবুংহুদা।
অদুবু ঐদি রাদবা ঙমদে
হোংনিংবা পূম্নমক হোংজখিসনু
মনি অনত্তুস্নু লৈহৌদসনু
অদুবু ঐদি কপ্পুবা ঙমদে
থম্মোয় নঙনা নশক ওনখত্রবদি।

॥ ১৯৮০ ॥

# ঈশৈ

ঐনা খল্লী ঈশৈ অমত্তং শক্কে হায়না
মতুগী খোম্থাংনা
য়েন্নীংথাগী লৈরাং শাংকায়হন্বা ঙম্বা
নঙগী থম্মোয় লৈকংলমদা ।
অতুবুনে মরূপ,
থোরকই মুশি মুশিবা
পোদোলগী মৈরীগুম
কংলবা দোশীগী
মহাও কল্লবা অশিবগী ঈশৈ ।
তেংথাখোলনা নিল্লকই ।
অসুম্না ওইহল্লকই পৃথিবীবু
লৈরোন চন্নফম ।
অতুনা ঙসিদি চন্নফম খঙদ্রে
শমজীরৈগী পোমশাংনবী লৈকাশিং ।
॥ তাং ২৬. ৫. '৮৫ ॥

# লাইতং থুমোক

ঙরাংদি ঐ নোক্লম্মী
তদেক তদেক্লবা ঈথান্নুংসিদা
হৈরাঙ লৈরাং কয়া কোন্সিঙ্গরদুনা
হৈজীং ফারবা অমদি লৈনম্না হারবা
মতমদুদা, নঙনস্থ ঐবু মিতানা য়েংলম্মী
তাইবঙ পুম্বনস্থ মিতারম্মী।
অদুবু ঙসিদি ঐগীদমক
কনানস্থ চোকশিন্বীরদ্রে
কনানস্থ হন্না য়েংবীরদ্রে।
মথংগী নিকুপ্পদি ওইরনি ঐহাক
মৈচনখাক নল্লগা
খোংবালগী অপুম্বা নরক্না
লৈখোম লৈনাঙ ওইনা।
॥ তাং ২৪.৫.'৭৯ ॥

# মহা:দেবগী লৈবাক

মুপী কৈথেলগী পোৎলক্তা
খেক্লা নোকই তোমচা অঙাওবা
মুমিৎ য়ুংখৎলকপদা।
লৈবা লাকপা কাঙবুগী, য়োল্লিবশিংগী
অরায় অথুম চীনফেলদা
পোৎলকী মুংশিৎ শাগৎলকই
অমদি অম্নুম অস্নুম য়াংখৎলকই।
মনীং চীংদোল তাবা
মুমিৎকী খোঙজেল য়াঙলক্লিমখৈ
তোমচা অঙাওবনা খল্লী —
"ঐদি লন'সিগী নিংথৌনি।
শেঙ্গাও পায়বা কারবাররালা
অমদি সিনেমা হোলগী ফুরিৎখাউ চপ্পশিং
লোইনমক ঐগী ইখোঙ লেকপা ইনাইনি।
লমদমসিগী শকহেনবী শানৌশিংনা
ঐগী ইঙ্গিৎ য়েংলি খোঁরাংলবা মীম্নানা।
ঐনি মরোল অহুম্ব থুগাইনবা
তাণ্ডব জগোই শারিবা শিব শম্ভু—"
থীক থীক নোকথোকখি
য়াথীনা য়োম্লবা য়ামাঙ হিগরুনা।
পোৎফম ফম্বীদগী নিরুবা
লুকমায় পাম্বীদগী লাক্লকপা পৈশা তরা চৎপীশিং

অমমমতা শন্দোক্তুনা থম্মী মমাঙদা
ফীরৈদগী কংক্রে ঙান্থক লৌথোকই
থৈনি কৌতা গঙ্গা পেকেৎ লৌথোকই
অতুগা কাঙমৈ খুবকই কালেন থাগী নুংশাদা
ফদি মচেৎকী লেংয়ান্দা
শেৎলিবা বোড়াগী মকেদা
ঙা থেংজুনা শান্নরকই মনীং তম্মা গনজাগী মৈথু মপৈশিং
( মশা পূম্বা লবুক্কী হাপু মৈ থাগৎলকপা মাল্লি )
উনা উনা নুংশা শিথরক্কে
নুমিদাংবাইরন নাশীবী নুংশিংনা শোমতুনা পুখং খি
পোৎলক ঙাম্বী শানৌ অমগী মিংচি লাংথাক
লোয়ননা মশা হাইকেৎ পোঙলবা
তুকান্দারগী থম্মোয় নিংহনস্থ ।
ফুংনা হোম্বা অরোম্বা
হোটেল কাগী নুংশাম্বরশিং
বানা নুংশাগী কোলাস মথক্তা
চোক নূং হোল্লিবশিংগী তমাং ঈরিক
( চাংদম্নববুদি য়াররোই )
মনিল লৌতুনা পাইথংখি চরাংনরবা অতিয়াদা ।
হৌজিক্তি নুমিং ময়ুম চঙখ্রে
অমোৎপা অহীংগী য়ুথল অমুক হাইদোরক্রে
থ্বাইরম্বলগী ঈথৌলাংলবা মবুক মনূংদা ।
মতম অসিমক্তি তোমচা অঙাওবনা য়াম্না কিজরিবদি
শ্বর ফাওবা হোন্দবমখৈ
পোৎলক্কী য়ুম্বী মখোঙদা থুপচরিবদি ।

ইনক নক্লা কৈশামপাংকী পৱার হাউসনা য়াক্লা ঙংখংলকই
নম্বুল তুরেল খোঙনূংদগী পাখংলকই
অপুম অশাগী ঈথকশিং।
তোমচা অঙাওবনা মঙ মঙলকই
কৈথেলগী কাচিন অমদা
তুম্পক তুম্পক লেপ্লিবা
থৱাম্মিচাকশিংগী ফীজং মখাদা।
লমওক্কী মখূজিন পান্বা মখূৎ ময়াম
মরেং মরেং চৎলকই পাউনা রোঙকী গলীশিংদা।
শাহীং ঙাহীংগী মনম্না হারকই
হৈনম লৈনমগী নুংশিৎপু নঙ্গান্তুনা।
পোমশাংনবী তখেল্লে ময়াম অমা
নুংশি হৈতনা লাকশিল্লকই
মহীক থাংলবা লুথাক চগুমগী নালাশিংদা
খূজিন চাওরবা মখুৎশিং অতুনা।
শ্বর ফুন্দুনা হাইথগে তৌই
মমঙ মঙলিবা তোমচাদি।
ৱাংপা লৈতে মহাক্কী কুম্মৈ কংলৈ পুংসিদা।
নোংঙাম্বগা অমুক হৌরক্কনি
অঙাওবা মরোই মনাওশিংগী কুম্মৈ
অতুগা মহাক্লা হৌনা লাউগনি —
"ঐনি অঙাওবশিংগী নিংথৌ
অঙাওবগী লৈবাক্তা।"
॥ তাং ৬.৩.'৮১ ॥

# চেগাই মচেৎ অমগী ৱাকৎ

ঙসিদি নঙনা মীথোই মীহেম্বা ওইরে
অদুগা ঐনা চেগায় মচেৎ।
নঙগী য়োৎ তোপ্পা নখোঙনা
ইথকশিদা অমুক'মুক নেৎথায়রকপদা
ঐনা ত্তিংদম শিথ শিথনা থাঙবা
অদুগা নঙনা নথা ফাক্লা নোকপা নখৌ পোঙনা।
মসিতনি নোংম নোংমগী থোক্লিবা কুমৈ
হায়ববু মালেমসিদা।
অদুবু ঐ মসিমদি হায়গে
নমীৎ অদুনা উরিবা চেগায় মচেৎ থুদিংমক
নঙগদি করিস্তু খেন্নদে
মিৎ, না, খোঙ খুৎ অমদি থম্মোয়
নঙগীগা করিস্তু খেন্নদে
নঙতনবু খঙদবনি ঐগুম্বগী পুন্সী।
অদুবু ঐ শাউদে নঙবু ৱারৌবা তৌদে
মীনুংশিদুম পোক্লিবনি নঙগীদমক
মরমদি নহাক নমীৎ শোক্লে
য়াম্না শাথিনা শোকখ্রে
মাইনস থাউজন্দগী মথক্তা লৈখ্রবা
আনোক্কুগী মতেংনা চৎচবতমক ঙায়রবনি নঙদি
নঙগা মান্নবা মীবু শেরান তুরান উদুনতা।
॥ তাং ৫,৭,'৮০ ॥

# খোঙচৎ

ঐনা তাখি মোং হাখিদবা
খোঙথাংশিংহুগী ৱারী
অহুনা ঐনা ঙসি কপচৈ
অসুম অসুম মরাক চপশিল্লক্লবা
হকচাংসিবু পুরিবা খোঙথাংসিগী দমক।
ইউন ঙাক্কা ঙায়রবা খোঙ অসি
তিংথোকচহুনা ঙাইহাক্তসু পোথাগে য়াদে।
তুংদগী কনানো অমনা হুৎচিল্লকই
মৈ ইক্লবা হুপ্রিকানা
য়াঙলেন শরু ফাওনা।
করমদি তৌনি অসুম্মক চৎপা তাবনি
অসুম চপশিল্লক্লিবা হকচাংসিনা
ময়ায়থীগাংদা থবৎ তপ্রিফাওবদি
॥ তাং ১০.৩.'৮১ ॥

